# [illegible]নি[illegible] নাট[illegible]

[illegible]লা মচা অনী, রারী মচা অম শৈরেং অম পুনশিনব)

অইব —

[illegible]নবীর মঙাঙ




উগ্রী থিয়েটর রিপেরতরি,
ইম্ফাল।

TINKHAK MACHA AMA

A Compilation of

Two Short Plays, One Short Story & A Poetry.

BY RANABIR MANGANG

Published by : BIMOLA LAISHRAM on behalf of THE OUGREE THEATRE REPERTORY, Imphal.




অহানবা ফোঙবা : জুন ১৯৯১

কপি মশিং : লাশিং অমা

মখুম সেকপ : ভট্টাচার্য্য সংরেন্দ্র

মমল : লুপা নিপালগা

ব্লোক শাবা : মণি সিংহ এণ্ড সন্স

নম্বম : নিতাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

---

ফাউরিকসিনা য়াওরিবা লৈলাশিংসি শান্নবিনাংবশিংনা অইবদগী অমাবা হান্ন লৌবায়ু—।

# কচ্ছব

পাঙড্রবনু

লেম্নশিদ লমজিঙ লমতাকপিব

গুরু, পদ্মশ্রী জি, সি, তোংব্রাগী মহমদ

লৈচল নাচোমসিমতং

পাঙড্রব নচা

রনবীর মঙাঙ

ভাবুক্কিদমক য়েংডুনা ইরত্র অকক্লব পাদম মখাদ ৱাহংসিগী ৱাহংনি ! Sarce গী ৱায়েংত A play without an audience and actors to interpret it is inconceivable মসিমক লীলা-লেংব জি, বি, সোগীসু মন্ত্র ওইখি । অদুবু অকক্লব লীপুলদি লৈতে থাজখি—The rule is that there is no rule. কালাগী-দমক কালা আর্ট ফোর আর্ট সেক থাজদুনা ইনব লৈ। মতাংসিদ সো-না হায় If it is for art's sake I will not take the trouble of writing a single sentence আর্টকিদমক্ত ইব ওইরবদি ৱাহৈপরেং অমত্তং ইবগী অরাবফাও নংজনিংদে। পদ্মশ্রী জি, সি, তোম্বানদি ইনিংঙাই লৈন ইবমখৈ পান্দমকম মান্ন-ৱমগনী মীবু ফগংহন্নব হুংঙাইনব ইনব ঙাক্কি হায়।

Samual Becket কি প্লে ভয়াম্ব হিংবগী মহাও কন্মব, মীগ মীগগী মরক্ত ফাওনব ওম্মক্তব, অকিব, তুকচব, অওকপ, খোৱাংব, তম্ব ওনদব ( uncertainty ) ৱাখলনা পংশা শাগংপ নত্তব অশেংব অচুম্ব অম খিবদ লোইখম নাইদব ঈখোলাংব unending quest for reality নচিংব উৎলি । অমেরিকাদ রেতিং ফোর গোদোত পুথোকপদ দাইরেক্তরদুনা মওোন্দা গোদোত হায়রিবসি কনানো মসিগী অর্থ হংখি বেকেটনা খুমখি : If I knew I would have said in the play এনা খওজরবদি লীলাদ তাকচরমগনী। মার্তিন ইসলিননা শীওথাই ··· what all art is trying to capture ··· is the aim and objective of samual Becket's art আর্টকি লমগন মন্থওচনবমখৈদু

মহাক্কিস্তুনী। বেকেট মশামক্না পনখি I have to speak ... I have the ocean to drink. So there is an ocean then মহাক্কি সমুদ্র অহুনী মহাক্ক থিন্দূনা তাক্লিব ঈরাক্কহল্লিব, কান্নব মনী-মুক্তা কয়া খুনগৎহল্লিব। মহাক্ক থাজখি ঃ Nothing is more real than nothing.

নেচেরেলিস্ত ওইনা হৌরকখিব লীলালেংব August Strinberg কি মীৎয়েংদনা anything may happen, everything seems possible probable থোক্লিংব থোকসনু ওইবয়াব ওইথোকপ য়াব মাল্লগ লোইরে। মহাক্কী The Dream Play হায়বহুদ হিন্দূগী লাই ইন্দ্রগী মচানুপী অমন পৃথিবীসি ফজৈ হায়ন তারিবসি য়েংথোকলূনব মপাদ নীরগ পৃথিবীদ লাকই। মীওইবন পাপ লংশিনব মরুদি শেক্না-থুমজা ওইজ-ওইথক অমদি নুংঙাইব পান্নদগীনচিংব অশোয়ব কয়া উৎলি। Traditional European theatre ব হুল্লানখিব the mordern theatre is the epic theatre হায়না লাওখিব বর্তোল ব্রেক্টনদি I wanted to take the principle that it was not just a matter of interpreting the world but of changing it and apply to the theatre পৃথিবীবু রাহন্থোক পীহুনা তাকপতগী নত্তে মসিবু অনৌব য়াওন সাক্লবগীদমক থিয়েটরদ চাংয়েবনী পানশিনবনী। A play is more instructive then reality!

Poetic darma দা হৌরকখিব হেনরিক ইবসেন নমৈদদি তুংগী খন্থরুবদ মহাক্কী problem play নত্রগা play of ideas

সমাজদ নংলিব য়েংনরিব খুদোংচিবশিং উংথোক্তুন অয়েংবশিংদ মহুবু কোকহন্নব ব্রাখল পোকহন্নব ইখি। Hedda Gabler গী মরমদ মহাক্ক পনখি It was not really my intention to deal in this play with so called problems. What I principally wanted to do was to depict human beings, human emotions and principles of the present day. চুম্নগী প্রেম্লেম হায়নবসিথক নত্তে লীলাসিদ পীনিংলিবসি - মীওইবগী মচৎ, ব্রাখলগী ইথিল, মতমগী হুংশিং-হুংশাগ ঈরোইনব কয়াসি কুপ্ন নৈননিংবগী ব্রাখলনী। শক ১৮৭১ দা চিঠি অমদ মহাক্ক অস্তুম্ন ইরকখি—people want only special revolution in externals in politics and so on. But that is just tinkering. What really is called for is a revolution of human mind ... রাজ-নিতিগুম্ব অওনব অহোংব মীওইবন লাইনিং ওইনৈ অদুম্বু মসিদি স্থপ্নতগী মপাম্থোংগীত ওইব নত্রগা য়ুরানগী পুন্সিগুম্বনী। তশেংনা মথৌ তারিবদি মীওইবগী পুক্নিং ব্রাখলগী অওনব অহোংবহুনি।

Theatre of Absurd কি খোংগুল লীরকখিব বেকেটতগী চহি কুনমরী তাব হুপা হেরোল্ড পিণ্টরন মাগী অঙ্ক অমগী লীলা "The Room" দা কা মনুঙদ লৈরিব অনীগুন কিখি। ক্রিতিক অমনা করিগী অদুক কিরিবনো হংবদ পিণ্টরনা খুমখি: Obviously they are scared of what is outside the room. Outside the room there is a world bearing upon

them which is fightening to you and me as well থাক্ষেশেংবমক কাগী মপান্দ থোক্লিবশিংঙননি মখোয়দা থরক হুনগংলিবা। অওইমক্কি নঙ ঐ অমদি পুম্নমক্কী ওইনা কিফম থোক্লবনী। কিরোইদব কনানো মতমসিদ ফিভমসিদ। Franch কি Jean Tardieu গী A voice without anyone হায়বা short play অদা মা অমত্ত উংত্তে স্পপতগা লাইট ষ্টেজপ্রোপ খর অতুগা মুপা অমগী খোঙ্জেন offstage দগী তাইনবা like an echo from past হেঁত্রব কাহুদ থোকখিব রারা নিংশিংব পোক্কেল, মুংঙাইরিদ্র? করি হায়ননি লাইরিক লাইশু পাবা কয়া চংনদব, কয়া থঙলম থঙকাপ্তব লমদদি? মায়কৈ কয়াদ লোখংপ য়োনা তল্লব; পথরব পুমথরব ঐখোয়গী সমাজসদদি করিদনো খুং থাগদব! লাঁলাগী অহল অনন হায়খি খোঙ খুং শং তিংথোক পেন্ন নোকসি কঙ্গী মঙ্গং কাঙথোকপ তল্লব স্কুল লিংখৎসি য়াননি মতুনা ফবে, স্কুলন ললোনকম ওইরব লেবাকসিদ।

নৈনবগী লোইথম নাইনোইদব শাঙথাবগী ঙমখৈ লৈত্রব অইবশিংগ পুখিবানী। মমিং নাইরব অইবশিং কয়াগী মরেংবান মরেংবান্দ তোংজরগা রাখল খর ব্রাংখংকদ্র খনবদগী খরমখৈ কাখংচরে ব্যাভার থোকপ থোক্লব। লাইপোকশিং লাইওইথ্রবশিংনা থীনা হায়বিরদবসি মুংশিবিবননী থাজগল্লব মীওইবন থাজদন ঙমগদ্র ব্রাফমসি। পুম্নকসিগী মথক্তা অইব অমম্ভ খিরি থাজবনা থোনা ওই সামুয়েল বেকেটকী ঙাইবতুগুম্বনী হায়রম্ভ কায়দে। মরা তাদব উপাল হৌই হায়নৈ খিবনা থিনা খিনা তেংনব ঙাইবনী ফংগে তানবনী হৌখি লোইখি চংখি মীরোল মীরোল শকংঙদব মাবু

থিবদ অহুবু লেপ্তুরি থিরি লোইখি লোইখিদৌরি মঙলান্দ অম্সুম্মক !
করি গ্রহদা কদায় উপগ্রহদ নংত্রগ কনাগীদ হৌরিগে মরা তাদব

# কোরৌসিন মমদ্রিঙৈ

## (মরা তাশিনথ্রব নুংপাক)

উপালন মরা তাদ্রব নুঙপাক্ল মরা তাশিনথ্রব মসিবু নংত্রা তায়োন্নব হায়বহু তয়োন্নবসিদগী হেন্না চুম্ব করি লৈনী তাই-বঙসিদ ! পুন্সিদা মীনম্ব রা অমকাং ঙাওজরক্তে, লাইরৈবাক্তা জবান লৌবদ য়ান্না খুন্নরম্ব য়াই নরমদি মীনম্ব ঙাঙদব লাইনা পাম্মী হায় ! তাইবঙপালসিদদি মীনম শোরিব তৌশিন্নব য়াওদ্রবদি হিংবদ ঙুংঙাইত্রে । হিংব ঙুংঙাইনব এন এবুফাং মীনমলে। মীনম্ব নত্তব করি লৈ ? চপ মান্নব মশাঙ অনী খাইদোরবদি শুন্য লেম্মী অহ্নদা ; হাপফম চাদ্রবদি শুন্য কান্নদব হাফম চারগ প্রোমোসন কাব মসিবু নংত্র ধর্ম্ম কর্ম্মগী রা পুন্সিগী মচি: মীন্নংশিনা লাং ওইজববু মরাল্লা ঙুংশিবদগী মা য়াম মাঙলৈ। লৈবাক্কী অঙম অথৌশিনা শেল চায় হায়মবব উর অউব খরনা উবগী রানী লম্বী শরক লৈরক-কোনশাং কৈথেল-ইথেল মীরক নারক্ত কবপসন্ন মতোকপান নখোংন থোং চংলি হায়নসি থেংনব খবন থেংনজবনী এখোযদি উদে থেংনদে। নুংপাক মরা তাব থেঙনব মীনা থেংনজবনা করি মথৌ লৈ : কোরৌসিন মমদ্রিঙৈ

লীলাসি অহানব পুথোকপদ য়াম্না ঙাঙনখি—হুঙপাক্নবু মরা তারেয়ে, হুমিং তাদ্রিঙৈ ফুক্তোক ঙমদ্রবদি নল্লিব অহলহু শিরনী হায়রে—থোক মোক ওই য়াদ ঙাক্ত সিবু ড্রামারা অসিনচিংব। কনানো জর্জ অমনা মার্ক পীরমদে হায়ব্র খর য়েৎনখি, অসিবনা মাঙজে হায়বহ্নি অহুম লোইশিনখ্রে। ইতালিগী পিরান্দেলোগী রা নীংশিংবদ কান্নে······the real frequently vanishes and leaves only illusion in its place অচুম্ব অশেংব পোৎতু মাংখি তোয়ন ওনখি থাজব ঙমদ অঙকপ; মৈতালগী মহুৎ উৎন শিনহৌই; ঈমা ঈপানা মতম অমদ হিংলম্বহু শিগ্রব মতুংসিদদি মঙওই হাওইনব পোকই। Men have of caurse for centuries touched on the idea that what we call reality may be only illusion. মীওইবন থেংনরিব অচুম্ব পুন্সিনী reality নী হায়ব মহাকী cxperience পুন্নক ভাবনা শাবনি—মরুভূমিগী মায়া মরিচিকাগুম্বনী। নীংশিংব থাং সেক্সপিয়রগী মেকবেথ লোইরমদা ইদা -

Life's but a walking shadow, a poor player
That struts and frets his hour upon the stage
And then is heard no more. It is a tale
Told by an idiot. full of sound and fury
signifying nothing

(রাহৌদোকসি থজিক্কুংদং ওইরবসু কান্নব ফংবিবশিংগী
ইজবনী—রনবির মঙাঙ)

# মরা তাদব উপাল

## নুংফাওনব যন্ত্র ঈশৈ।

মল্লিব মরক্ত ষ্টেজ শিনথুংন অশিব মীশিং তা তাহুন লৈ। নৈ ঙাল্লোরকই। মথক্তগী (রাংখংপ প্লেটফোর্ম) শেম্বুং য়েবহুন অশীব-শিংদ য়েংথরকই অহুগ লাওরকই: 'নোং ঙাল্লে'! (শেম্বুং য়ৈ)

মীয়াম অশিবশিং হিংগংলকই: "হো য়া য়া হো য়া!"

'নুমিৎ তারে।' (অমুক য়ৈবদ মীয়াম মীকপ মীরাও খোঞ্জেল ছুইথখি: 'হো…হো…হো…')

নোং ঙাল্লে (অমুক য়ৈ)
হো য়া য়া হো য়া — (হিংগৎনরকই অশিবশিং। পৃক্লিং নুংঙাই ইহুল উৎনৈ, লাওবস্তু য়াওই ঈশৈ ঙংব জগোই থেকপ…)

নোং অমুক ঙান নুমিৎ অমুক তা (হংনরকই)
নুমিৎ অমুক তা নোং অমুক ঙান
মালেম পৃথ্বীবিসিন তৌরিবসি করিনো?
করিনো? করিনো? করিনো? (মীয়াম মথং মথং)
রাহওনি রাহও তাইবও শেবাংনবৈ —(পুন্ন)
পাউক্লম মাবু ঙাইবদ
মীরোল মীরোল হৌখিব
রাহওনি রাহও তাইবও শেবাংনবৈ রাহও!

( শেম্বুং য়েবহ্না চীরোল তৌরকই ঃ 'লীলানি লীলা তাইবঙ লীলা' । মীয়াম ঙক্লে । )

লীলা ! ওইব য়াই । লীলা ওইব য়াই । য়াই য়াই য়াই ওইব য়াই—

মরমদি ? ( জ্ঞান মেন তাদব মতৌদ খন্নে )
লৈনম শানব লীলা লেংব রিলীয়ম সেক্সপিয়র লৌরম্বী মালেম পৃথীবীসি হৌবা চৈকুনি অয়ন লীলাগী, মথক্তু লৈরিবসিংশিন লীলাগী মীচ মীথোকশিং !

কুনহনবদ তাররা লৈবাক নচাশা মায়চৌসিংগী রাসির ?

লান্দে । লান্দে লান্দি হাই লৈতনা লানদ্রেনা ?

সান্দ্রবদি চুম্মে, চুম্বদি লান্দ্রেনাকো ?

"ওথেলো, হেমলেত, কিং লীয়র—সেক্সপিয়র,
অভীজ্ঞান শকুন্তলম, বিক্রমউর্বশি—কালিদাস,
মনি-মনো, মেট্রিক পাশ, ডবো খাউ—ডি. সি. তোরা
লীলাগী লীলা ওক্কি !"

অচৌ-চংত লেংলি পাল্লিব অচৌব চৈকুনগী মথক্তু ওইবান শানরিব লীলাসিদি হো কনানা লেংব লীলানো ?

( মথক্কী মীন চারোল তৌরকই ) করি কান্নদগে লীলালেব খুডংগা শানব কাডবুনা ? খুডংগা মশক হেনগৎকদ্রে লীলাগী ফজব ? ইরকসন্ন

ইদৌ মান ইনিংব— শান্নৌ শান্নদৌ নখোয়ন শান্ননিংব মওংদা। হওগন্নু রাহং লাংতক্লনব, থীগন্নু নথৌ শীৎপ মথৈ চমন্নব। চোংগন্নু লমজাউ সরক্ত মাঙহনগন্নুমতম অরেম্বদ !

( শরুকসি মথক্কী মীগ মথাগীগ অপানন। ডাংনব নত্তে শুপ্পতগী মথ গী মীশিংগী রাগলদ নাকোইনন পাবনা—inspiration গুন্ন )

মায়াম : হায়নাওড়ি লীলা লেংবদ রাকম করদং পানিংড়ি থান অমথক লীলা ইনব। অমুক পোক অমুক শি তৌদব হিদুনত লৈহনব। খাদব লাইর ইনাকখুনব লৈতেন নাম্নব অঙৌ-পীশক! য়ারক্কদ্র চিনদবদি উমদে। অদন হায়জব তাবনি এখোয় ময়াম্ন ইবিম্নু নোঙব তাবনি নুশিবায়ু লালাগাংবশি।

অসে চংসে লীলায়াংবা লীলায়াংবিশা! লালালেংব থীরুসে— ( চিং চংলেন )

কৈদ লৈবনো লীলা লেংব
নংব লমদম কৈদ লৈবনো?
মশক্কি উদে মনিংখু নাইদে
নংনা ইব লীলাদি শানৈ
অচং-চংত লেংলি পাল্লিব
অটাংব ফম্পাকসিগী থক্ত— ( মাহুন খি )
অরাংব চাংদোলদ নুংতুমগুন খিনবরা?
মান শেংব মফমদ তৌ নংব উকংগুম নোকপরা?

অহাওব মালংদ উদবগুম কোইপাই পাইবরা?

তাকপিয় লীলালেংব নহাক্কি লৈফম!

( মা মাহুনা থীবদ যেংগাইনৈ )

অপীকপ তীল-কাও নৈনব সাইন্সনা হায়: Virus is a micro-organism link between living and non-living

অহীংবগ লৈমিন্নরগ লেং লেং চং—অশীবগ লৈমিন্নরগ অশিবগুম তৌগেদ মনীংতম্ব, ওইগেদ মখাতম্ব!

অহুদি তাইবঙপান লীল লেংবসিদি সাইন্সকী লেবোরেতরীদ ফঙগদ্র? কদায় লেবোরেতরীদ লীরমদগে লীলা লেংব? Virus তি চীনী থুনগুম লীহুনা থম্ব য়াই হায় লীক্লীদা।

কুমশি চৈরাওবদ কোন্থো চাকচাব লাইহুনা লীলাসি tension and emotion খর হেনগংহল্লনী হায়রম্মা হায়বা তায় হায় - 'pity and terror' এরিসতোতলগী নিংরিদা।

অহুদি অফব লীলা হায়হু ওইবতারেনে?

এরিসতোতলগী থিওরিহু অমম্বনা হুজিক্কি অনৌবা য়ান পুথোক্লরে। ওইনিংব থিওরি ওইসন্নু মান হায়রম্বহুবু থৌদোকশিংহু নীংথীনা য়াচল লাক্কনী হায়রম্বরা? য়াচল লাকপ লাক্তব করীনো? থোক্লিংব থৌদোকশিংহু থোকসন্নু।

য়েংজনিংলেদ কুম্মেদো কুম্মেবু য়েংনিংদব কনা লৈ?

লৈগী ফজবদ লুপ্লক্ত্রবহুদি চৈরাওবগী শীংতেক-শাংথাবদ অহুম্মক থাগ্রদবনি।

লৈদা লৈদাদ লৈরেদা লৈ ওইবী !

এ! পণ্ডিতসি কৌসি, হৌন কৌ তাগদবনি।

হো পণ্ডিত! মায়চৌশাব পণ্ডিত! লৈবাক্কী রা পাউ থরদং হংজগে —

লৈবাক্কী রা-পাউ? খঙনীংবরনে?

খঙজনিংঙি পণ্ডিত খঙজনিংঙি।

সে-সে কদায় নখুৎতু তিংথোরকউ—

ঐগী?

ঐখোরগী? লৈবাক্কী অফ-ফত্ত ফলব্ কলম্ম ঐখোর গুবাক য়েংলগ খঙগনি?

নখোয়না লৈবাকসিদ লৈরিব নংত্রা? লৈবাকসিগী অক-মুংঙাই, অরা-অনা নঙগীস্থ শরুক থুংলিবনি অদু ওইরবদি লেবাকসিগী লাইবকস্থ নঙগী নখুৎত লৈকম থোক্লা? নঙগী? নঙগী? নংত্রা? য়েংগে

অঙকপ লোজিসিয়ান ( logician ) নাহে।

( মখূৎ তিংথোক্লে পণ্ডিতনা য়েংঙি )

( ফাওথরকই )

ফুরুপ মশেল চায়নরনী ঈগী লোখোং চেল্লরনি, য়েক্লবগী লৌনম-লান লাকহৎলনি: ধর্ম্ম তিন্নদবশিং য়াম্লেরনি, লঙজা ক্বাক মখে লাংলনি;

থৌবান্দোং চফু কায়রনি চাইরেন অন্দ্রো চফু য়ুরনি ফয়েং শেকমাই ঈশিং ঈচাওরনি ; থকশী-খাশী ব্রাংনরনি মীন মীবু মীথানররোই মী মশেল মীরায়নরনি ; লৈথোক্ত শাংলিব লৈরাংবু হেকতংলগা উফুল্লক্কা নৈতংপদ লৈরাংন মোমোন নোকচগনি, লৈশাং তনদন লৈমন চল্লবশিংনা পুক্সিগী মুংডাইব নাংকুপ্পি লৌরগনি তোংবদ থংব কাংবুনা অতোংবদ লেপকনি ! মসিনি লৈবাকসিগী লাইবক ! ঐ চংলগে —

ইন ! (কীনৈ) লৈবাকসিগী লাইবক ! (মকোক পায়নৈ হুনাড কাডনৈ)

পুন্নমকসি মান ইব লীলানিকো -হো লীলালেংব ! ঐ লীলাসি য়াওজররোই কাস্ত (cast) তৌবংন, লাইনেকুন ইংডে ঐ লীলাসি য়াওজররোই (তরাদ কোব)।

য়াওদব য়ারোই নহা ! তাইবড লীলাসিব য়াওনিংডব থম্মু কিকোই লৌওনবানা পালেম নত্ত পালেনশা লৌরগনি ওডবু থম্মু লৈবাক অনম্বদা !

কিখ্রে মতুনা অমুকাহেন্ন কিখ্রে। থাদোকচরগে পুক্কিং অপাম্ব হাদোকচরে লেপ্পীব হ্নারেপসিদগী য়াওজরগে নওগী মীলা য়াওজরগে নমথাক্কী জগোই শাজরগে ওইদব ঈশৈ শকচরগে মীনম লাং থাত্তুনা পাঞ্জরগে ঐগীদমক খন্দুনা হিংজরগে হো হিংজরগে হো হিংজরগে —

মীওইবগী মরক্তা মীওইবগী মরক্তা

শা-ঙাগী তাইবঙদ শা-ঙাগী তাইবঙদ

মীগ শাগ শাগ মীগ হো তাইবঙদা —

( শেন্দ্রং য়ৈরকই। 'ন্থমিং তারে' মীয়াম মীকপ মীরাও। ঙতাক চাকই অশীবশিংতনা থল্লি। লেংদে ন্থংশিং ন্থংশাফাও )

নোং পেল্লে ! ( অমুক য়ৈরকই )

হো য়া য়া হো য়া !

অমুকস্থ হন্ন হো য়া য়া হো য়া ! ( হৌগংলকই )

কপিলাবস্তুগী কোন্নুং লোকোল ! গৌতম বুদ্ধ অমদি মায়া দেবী !

বুদ্ধ মায়া ! মায়া !

মায়া : লাকচরে নবুংঙো —

বুদ্ধ : এগী কোকসি ওংখোক্ত ঙাওখ্রে মায়া। হায়ফম খঙদব য়াখল অমন মশেল মরা উব মঙাল অমগী নাক্ত তন্নুনা পুরি। মশেল-মরানব মঙালচুদগী মসি-শান্থিব শক্তম অমন মনাক্ত এবু লাও কোরি। তোয়ন তোয়না কৌশিল্লকপসিনা পুরিংগী লাংতক্লব হেনগংহল্লিনে মায়া !

মায়া : লাংতক্লব পূম্ব মনংঙোগী কোকতম্বাসন্ন তাইবঙপাল শেম্বারিব মপুনা। কপিলাবস্তুগী লোংলি পাল্লিব অচৎ-চৎত পুন্নমক্কী নবুংঙোনী ইবুংঙোদি। পুন্নমক্কী অমত্ত ঙায়রব থাউমৈনী

অতুম্ন অমম্ব ৱাখলদ লুপ্পিতুনা পুক্লিং মকা লামহন্বীত্রবদি নচা-ননাইশিংগী পোথাকম কৈদনো ?

গৌতম : পুক্লিংবু মকা লানহন্ব ! করম্ন ! অতুদি নহাক হায়ব ঙম্বৱা পুক্লিংসি করম্ন মকা লামহনগনি ? নত্তে নত্তে মসিগুম্ব ৱাহংসিনা নঙগী পুক্লিংগী লাংতক্লব হেনগৎকনি ।

মায়া : মবুংঙোগী য়াইফনবত খঞ্জতুনা চাকহেনজরিবী ননাইনি । পিক্লিব নচাইবুংঙোসি য়েংবিয়ু য়োকচবীশিংগী মনাক্ত কয়াদ হৱাও তয়াম্ন শান্নজরিবা!

গৌতম : অনৌব হাপকংলকপ তাইবঙপালগী মায়া লীপুল ! করি হায়ব পূন্নমক ঐগীনি হায়ব ( মথন্তু ) ইপানিংথৌ ইমাইবেম্ম মহারানী, লৈবাক প্রজা, ইনাই-ইশল, ঐগী সহধর্ম্মিনি, ঈচা ; পূন্নমক ! নত্তে কৈদৌউবা কয়াম কুইনা মখোয়ন ঐগী মীওইবসিনা অমুক পোক অমুক শি। পোক্লবদি শিব শোয়দে। অশুম্ন করিগী অশিব অহিংব খায়রীব খেন্নহন্নিব ? অনীমক্কী খেন্নব লৈতব মকম ওহ ! মঙাল মঙাল এব পুবিয়ু মঙাল – ( তায়খি )

মায়া : কপিলাবস্তুগী থাউমৈ ঐগী মবুংঙো ।

মীয়াম : থাদোকখি থাদোকখি মুংঙাইরব কোন্নুং
মীনায় মীশন মুপী অঙাং
থাদোকখি থাদোকখি গৌতম বুদ্ধনা
মাম্মু থিনব লীলা লেংব

কংখি হায়নৈ মীন মমৈদা
গয়াগী খোঙনাং মখোঙদা !

থিসি লীলা য়াওবশা মকম খুদিং—লৈরম্মবদি ফংগনি শোয়দনা, ঐখোয়গী অপাম্ব ! থিসি থিসি ( কোয়ন থি চীং কাব য়াও মৈন্নন পুব য়াও )

কনান হায় কৌক্র চীংদোলদ
কনান হায় বারুনী অহিংদ
কনান হায় থাংজিং চীংথক্ত

থিব তাই, চৎপ তাই, মখা-অরাং মনাঙ-মমাঙ থিসি মায়কৈ খায়দোক্ত থিসি—

ইবান্নিদি পূন্ন চৎচনি ।

করিগী ?

থরায়গ হকচাংগ থানব য়াদে হিংলিতৈ ।

নবান্নিগীহুনা করি লীলা কনান লেংবনো ?

ঐন অদাম মান ইভ !

নত্তে, ঐন অদাম মান ইভ

হোয়নে নশক নশা ফিভম ইমান মান্নবগুম্ব ঐ মিংনরা অমম্বাকাদা। য়েংদ্রবদি অমমম, নখোয়দি কনা ঙাইরিব ?

ঐখোয় মপোক অসিদ
যিশু অমুক উখিনী

প্রভুনা অমুক লাকপদ ঐখোয় উন্ননি শোয়দনা

লৈচীলগ খায়ন মান

ঐখোয়গী লম্বী হাংবিনী

পাপ চেনব থরায়শিং ভাকপিগনি মহাক্ !

ঐখোয়গীদমক, তাইবঙ মীওইবগীদমক প্রভু যিশু শিবীখিবনি কোকপিনব পাপ পূম্ব ক্রোসতা পাংথি, মাগীদমক থরায় য়াওনা লেম্ব মান শোয়দনা চানবিগনি অদুগা কোকপিগনি নঙগী পাপ পূম্ব। মান হায়: "ঐঙোন্দ লাকউ—লম্বীদু ঐনি, অচুম্ব অমদি পুন্সিদুম্ব ঐনি।

মাব তাইবঙপাল লীলা লেবত্তরা?

নত্তে, মচানী।

ঐখোয়ন থিরীবদি মপিদুনি।

মহাক্, হায়বদি নিশুনা হায়বি - ঐগী ইপাগী নাক্ত চংনিংলবদি ঐঙোন্দ লাকউ ঐ মতুনা লম্বী অদুদা লেংতে মকনজ য়েনব।

মঙোন্দ খাজবদি পুন্নক্তগী মহাকপু কনবনি। মহাকপু খাজৌ।

অদুদি মাদি কৈদৌঙ লাক্কনি?

হায়ং।

শোয়দনা লাক্কদ্রা?

ঙাইরগ খঙদবনি অদুদি

লাক্কদব ওইরবদি ঙাইবন চুম্মোইদ?

চম্মী ঙাইরসি ঙাইরসি ঐখোয় (ঙাইব মতৌ)

কদোমদ লাক্কনি প্রভূগী মনাইশা মপুবু ?

খঙ্দে !

অতুদি হেক লাকপদ উনব নঙনা শোনদ নঙন শোমদ নঙনা শোমদ--মায়কৈ খায়দোক ঙাইনরসিকো। নমিং ননা শিংঙ্কো।

ঙাইজরে ঙাইজরে তাইবঙ লীলা লোব নঙবু ঙাইজরে মা খোংদোই তুনর্বারক্রে। ও !

( মায়কৈ ঙাকপশিদগী রায়ারলেসতা পাউ থারকই )

কনানো কদায়দনো ?

নোংপোক লৈহৌচাং তাবনি সার, লৈত্রে হায় লৈরম্মা হায়, ওভর !

কদায় চংঙ্গব ? রিপোর্ট ?

খন হো শিব ওইব তাই চপ চানদি খঙদ্রে সার !

খুন হোংদ্রে হায়র ? মান ইরম্ব লালাশিংতুদি ?

চাং নীঙথায়বদ মনশিনদ্রে হায় ওভর ! ( লালায়াওবশিং তেংথাই )

33XX019 পুরকশোবীদগানি সার ! থায়না কাওংলম্মা হুজিক্তি চারদ্রে হায় ওভর !

করিগী ?

মতমগী য়াওলসিন ওইব তাই সার ! ( লালায়াওবশিং তেংথাই )

**1296 XYZ-M** থাংজিং চীংদগীনি সাব ! ইরম্মী হায় ফজ ফজং মুংশি-মুংওনগী লীলা মখল, সায়োল তরেৎনচিংব, ওভর !

হুজিক্কি ? ওভর !

ইখিদ্রে হায়, অমক ইযু যাদ্রে হায় ওভব !

করিগী ? রিপোর্ট ? ওভব !

মাগী খুৎচাবা লীলা পার্তিত্তু কায়নখ্রে হায়—

করিগী কায়নখ্রিব ? রিপোর্ট ?

শেল-থুমগী হাবা-জাবী খব লৈনমালে ওভব !

মশাদি ? ওভব !

থুন হোংখ্রে হায় কদায়দনো খঙদ্রে সাব। (লীলা যাওশিং তে থাই)

**ANDO TENDO 019.** জেরুসালেমদগীনি সাব ? লাইগী মচা য়াম্ন মহাভাবৎত পুত্রদান পীনবত্তু হন্দক তেলিভিজনদ উবদগী মহৌশাগুম লৈশাবীদ পোকপগু ইকাযবে হায়য়ে সাব !

**Ah ! Sorry !** মত্ত তৌবীন্নু হায়য়ু অনৌব মফম মুক য়াম লৈনববসিদি।

ফনি সাব ! ইহে **line is missing Hello, ANDO TENDO 019 Hello ! what a luck !** করি দাওনোনে **Helpless Hopeless Henpeck !**

ঐবু অমুক্ত চংজরকপ য়াগত্রা ?

কনানো চংলকউ।

কৌব্রু তাবনি য়াম্নং ! হান্ন কাংব কংলান কংদ্রিংঙ পাল্লম্মী হায় কৌব্রুদ নিংথৌ ওই মাগী মমিংদগী লৌহুনা অৱাংগী অৱাঙব চীঙবু 'কৌব্রু' থোল্লম্মগা পোইরৈতোন খুন্থোকপদগী অতুম্মক হঞ্জিল্লকখিদ্রে হায় ।

পোইরৈতোন খুন্থোকপদি কদায়দগী লাক্লগ কদোমদ চংখ্রিবনো খোংগুল মুৎখ্রব পোংনি ।

অংদ্রোদা চায়নখিবগী রিপোর্ট তুদি ?

মৈ চাকপদ য়াংখ্রমালে সার ?

ফায়ার ব্রিগেদন কন্ন ওমহৌদ্রব ?

ইকং খোকপ মতমনিন ঈশিংগী অৱাব লৈখি হায় !

মায়ান পূন্নমক তাবিরে অৱাবনি, লাইবক থীবনি মসি, অৱাব অমুক্তং ফোংদোকসি — ( মায়াম : ওহ ! ওহ ! ওহ ! চচ চ চ )

অহুদি কদোমদ থীনি ?

হেক্ত শেমজিল্লদ্র রিপোর্টতু ?

অহুবুদি মাইচৌ শাব পণ্ডিত অম কৌরগা অৱায়ব পোংনি । লৈকাঙ চাহন্নগী থবক্তু হৈনব মী য়ান্ন লৈ লমসিদা !

লোক্তাক ময়াইদ খুরুম তোংলগ চৎ ওম্বশিংছুদ হংলবদি খঙবস্তু ময়াই।

কাওবুছুদি খর অমদি লোক্তাক্ত অতুন লৈখ্রবরা?

য়েংদ্রবদি খঙডোই মননগন্দা নূঙপাক অমমমদি পোখিনালে মরৈবাক মনাৎ নুংশি কঞ্জনিংবগী মহৈ মনা ওইনা।

অছুদি লোক্তাক শীৎলবদি সরূদং ওইরস্ফ্ ফংবয়াই।

শিৎসে শিৎসে লোক্তাক শীৎসে—লৈবাক মচাশা লোক্তাক পাং শীৎসে!

ঐখোয়গী হন্ব নাইদ্রব থৌনা লীংজেল

হো হৈ হা! হো হৈ হা!

(মথক্কী মীন শেপ্পুং য়ৈরকই, 'তুনিং তারে' মথাদ নাকপ মারাউখোল। অশিবশিং হান্নগুম)

নোং ঙাল্লে! (মথক্কী মী)

হো য়া য়া হো য়া (মখাগী নীয়াম হিংগৎলকই)

"হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে"
লীলা পাতিনে ঐখোয় লীলা য়াওবীররো
লেংশিনবীরকলো ময়াম পূম্ব লীলা শান্নরসি।
লেংদনা লৈবী ঐখোয় নাক্ত
তাইবঙপাল লীলা লেংব মান

অয়ুক নুংথিল নুংদাং থাদোকপ লৈতে মফম কৈদ

লেংশিনবীরকলো লীলা য়াওবীররো……

হো অমুক্ত উন্নজগে। ঐখোয়স্ত লীলা পার্তিনে মাত্নু থীবদ শাংলবনি।

ওসিদি উন্নব য়াদে হয়েং উন্ননি চৎলিবসিনী ঐখোয়স্ত। তু ইল্লকউ উন্ননিংলবদি।

কৈদৌঙৈ য়োনি ময়ুমবু? ওসি ফওগদ্রা?

ওসিদি য়ৌররোট হয়েং, হয়েং হায়বাদ হয়েংমুক্কী মপোক্তা! লেংশিন-বীবক্রো ভক্ত পুন্ননক নহান নপোক নাংশিংলুনো হন্দক নপোকস্ত থওইরুনো হয়েংনপোক্কী থনসে।

লীলা পার্তিনে ঐখোয় … (শকুনা চৎনখি)

ইস হয়েং মপোক্তা! (নীওব কায়ন য়েংনৈ)

সে সে, ঐ অমুক হুক্কে. নওননে অস্মুন্ন কোয়য়ু

"নুনিৎন লেংদনা ওাল্লি
মালেম্ন কোয়োবু কোয়রি
থানা মালেমবু কোয়রি
নওনা কোয়ন চৎলি
ঐন লেংদন ফম্মী!"

করি লীলানো অত্নুদি?

নুহোংবী।

ফজেনে কনানা লেংব লীলানো ?

হো মশক মমিং খঙদেয়ে. য়াওই হায় লাইহরাওবেদ ।

কনানা হায়রীব ?

খঙদেবু, হায়নৈ !

লাই হরাওবগী করম্ব তাঙ্কক্তনো ?

হকচাং শাগৎলকপদগী হৌব য়ানি ।

দাইরেক্ট মেথদতা ।

অদুদি লাই হরাওরবদি উবস্তু ময়াই ! হরাওহুনা য়েংসি লৈবাক মচাশা ! ঐখোয়না য়েংদব থিদব লৈরক্তে লাই অমুক হরাওরে ।'

হো লাইনিংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা ঃ ( হাও খুম্মী )

পিশুম পাল্লো ! ( হোয় খুম্মী )

হো শারসে — হো হাপ্পসি

হো পাল্লসি

হো শীজিন্নরসি ( অসিনচিংব )

হো লাইনিংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা ! লাইগ লাইগ, চোংগ চোংগ, পেগ পেগ, থাঙগ থাঙগ, খুবাক খুবাক নপা মপা য়া য়া তৌব লোইরবনিনা হো মীংকুপ-মীংকুপ হৌথিবনা তাইবঙ কাওরগে হায়রক্লেনে তাইবঙ লম্বেল পীদব য়ারোইদৌরি পীরসে ।

পীরসে—হো হো ।

তো নোংম নোংম হৌথিবনা থাবুম, থাবুম, থাবুম হৌথিবনা কুমজা
সাল্লক্লে চাওব লেপ্পুম ফানব তিং তিং চোংলসি—

তিং তিং চাওরো
থবীনা কারিঙৈ কাহৌরো
থানা ঝাংলিঙৈ ঝাংহৌরো। ...

টীঙঙ্ ইবুংঙো খোইয়ুম লাইনিংথৌ য়োইব খোইমোম লাইরেম্বী
নাপাইরেম খুঙ্গং অচৌব চাঁড়ঙ্ কঙলৈ নশুনাঙদা খুঙাউ লৈচাওনব ওসি
কোরৌ নুমিংতি থালে লৌতারগে হায়রঙেনে. য়োল্লব কাদ ওাকপিয়ু
লাল্লব কাদ কনবিয়ু

চাঁড়ঙ্ ইবুংঙোগী থালৈ মরোংগানে য়ানসে
হে য়ানসে !
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বীগী থালৈ মরোংগানে য়াল্লু
হে য়ানসে !
লা মাই নুরাবীগী থালৈ মরাচীনে য়াল্লু—
হে য়ানসে !
ফদিগোন পাখোল লৌনা য়াল্লহে (হে য়ানসি থুম্মা!)
চাফৌ তনফৌ লৌনি য়াল্লু হে য়াল্ল
নওচেও সুপর্ফাইন লৌনি য়াল্লহে
খুঙাউ লৈচাওনব য়াল্লহে হে য়াল্লু
মানিঙ্গৈর পুন্সিনব য়াল্লহে হে য়াল্লু
থাক কাদব মশাঙ হেনগংনব য়াল্লু হে হে য়াল্লু
করপসন মরা তানব পামদ মউ লীনব য়াল্লহে.

'হাইবেম্ম চীশোং খুন্নুদি লমলৈম, লমগী খুন্নুদি থারিকপী চেক্লাক খোম্থাং নাইনমক্তবু খোংবদি, নীঙোল ওইবী মপাউবু পুরকপরনে, য়ারা ফিগৈ শেংনমক্তবু তস্মুদা'

ইতাইবেম্ম পস্থৌ পানদি পাম্মনদা পামেল্ল সয়িই থেঞ্জাবু মথক্ত চীংগী খুন্নুদি থারিকপী লমগী খুন্নুদি লমলৈম নখোঞ্জেলন খোম্থাং নাইনমক্তবু খোঙবদি পাম্মু মপাউ পুরকপরনে চেক্লাও লাংহৈ কুনশীং কুমগাওরক্লেকো ইতারোই,

হে ইচল ! ঐগী মপাগী লোদ নঙনা য়ানপদি করিগীরা ?

ঐগী ইপাগী লোদ য়ানপবু করিগী নয়ু থক্লগ পঙডাং ঙাংপ্রা তাংখুল নারাওপা ?

য়া ! নারাওপা হায়কনো নঙগী নশকসি য়ান্ন ফৈয়ে ইচল

অদুগ কিরিগীরা ?

ঐনা নঙপু ন্নুংশিপিপনে !

য়ে ন্নুংশিপগী রা হায়কনো !

ন্নুংশিপগী ন্নুংশি হায়ত্রপতি করি হায়সিরা ? ঐন নঙপু পানপিবনে ?

ইবুং তাঙখুল নঙবু অরাংব চীংদগী করি থাদ কুম্মকপগে ?

ঐন কুম্মকপতিকো ইচল আঃ থরান থাগী থামৈতা কুম্মকইদ ইচল !

( হুং ! ) ইপা লৌনি য়ানসে হে য়াল্লো ( হে য়ানসে খুর্মী )

মীন য়ানকনু য়ানকনু হায়প য়াত্রপতি নপুক্তুদ তান থীনপিগে।

নঙনা অতুম্ম ঙাওশিন্নরবদি ইপা মৈতৈ লমপূ কৌগনি।

কৌকনো

কৌকনি (ঙহাক ঈনৈ)

কৌরপস্তু কায়পিদে ঐগীনি অতুম হায়পিনী

হো ইপা মৈতৈ লমপূ, অমুক্তা লাকপিয়ো

করিগীরা ইমোম নুরাবী নঙনা কৌববু ?

হো ইপা! তাঙখুল নারাওবসিনা ঐগী ইপাগী লৌদ য়ানপবু মাগী মপাগীনি য়ানকন্নু থীংলে থর ৱায়েনপীয়ু!

তাঙখুল ইচা নঙগীনি করন হায়বগে ?

ইপা মৈতৈ লমপূ ঐগী ইপাগী লৌনি হায়পতিকো য়েংবীয়ু, ইপানা অতুঙৈ উ য়ানপদ শিংচং তাখিপকী মখুল কুংতক তৌন লৈরিপসিনে।

নোংমাই নূরাবী নঙগীনি করম হায়বগে ?

ইপা মৈতৈ লমপূ! ইপান ইমান উক্রোং হোংঙৈদা শগুং মচী অনীগ ইরোই মচী অনীগ ফুম্বগী তোংতক তোংতক তৌন লৈরীবসিনী।

ইপা মৈতৈ লমপূ ঐকীত থাপ খোংক্রম, তোপোং নুরাপিগীদ মরী চং পাল্লে (তাঙখুল)

ঐগীদ থাপ শেবোং থামেন তাঙখুলগী পামদ পাল্লে। (নূরাবী)

উম ! নখোয় অনীগী রাসিদি ঐ রা'ম হায়রগে য়েৎনরনু য়ারোকো খুঙ্গাউ-লৈচাঙনা লুংজায়-য়াইবী মরাং কায়না পান্নব নবান্নী পুন্ন পাম য়ানমীন্নরো অনীগী মরল ওইমিন্নরো।

তাংখুল : মান য়ারপদি ঐস্তু য়াপিরে ইপা !

নুরাবী : ঐস্তু য়ারে। ( ইকায়না )

লমপূ : অদুদি ঐ চৎলগে খুঙ্গাউ লৈচাঙনব য়ানমীন্নরোকো ! (চংখি)

ইপা লৌনী য়ানসে—হে য়ানসে

ইপু লৌনী য়ানসে—হে য়ানসে ( মথক্কিগ নান্নন। )

ঙাইখো ঙাইখো অমুক্ত ঙাইবিখো। লীলাসি মতাংসিদ মসিগী লুংশি লুংঙন romantic scene অসিদ হায়র্নাংব অম লৈরে, ওজা অইবদি ? ওজা অইবা ! ( নাচা অম )

( শাঙবদগী অম লাই তোংখৎলকই )

হুম…হুম…চাইংথে নডবু হাখিনু ঈ ন তপ্প থন্নখিসি ইপা পাখং ইকিং কিংনদি শাঙহনা উন্ননীব কয়া লৈরবস্থ উন্নদনা ঙনখিব য়াই ওজা অইব : হায়জ-লোং রাইংগা পুনেনজসি উন্নহৈয়ু অমুডদি নচা মনাই ওইব খিংকি, রাকংচে অমতু মনিংচংগ নডবু লমদমকৈদ লৈবনো থানা লৈরেংশক্ত কনহন্নারো—হা নবুরেল খোগুন শিদব ঐদি লৈয়ে লৈয়ে তাইবঙ নখোয়গী কুইম্ম মখল-মথ, লাংজনা শাননরিয়ে শাননরিয়ে। ন রেল খোইয়ুম শীদব ঐদি তাইবঙসিব শেন্দনা তবালেন তাইবঙ লাইজ ঈপোকপনী খঙজোহে ঐনদি উই

নখোয়নদি উদে নুংঙাইদ, নুংঙাইদ, চৌঙঙ্, ঐদি থৌয়াম পুবনি মতম লৈত্রে হল্লগে খাবী নহনফমদ হল্লো অমাই নতেকমদ তেরো হুম হুম !

ইহে ! হনখ্রেদো অমুক্তা হল্লকখোও হুজিক্ত লাক্লম্মবনি – মসি মসিন তৌরিবনি চৎলে৷ নও ( নাহা অমদ ) লীলা য়াওরন্নু ঐখোয় থীয়েটরদগী তাস্তোক্লে।

মন্থু মন্থুতদি হায়বীন্থু লীলান থরায়নি। মফমসিদ হৌদোকচরকপনি মফমসিদ চাওজরকপনি মসিদ নৎত্রবদি কদায়দ লালা য়াওজরুনি ? লৈপাকপোকপ গ্রহদ জিব পান্ব লৈরে হায় অহুদ চৎলে৷ ! নোংদোলদ থীনগৎখ্রসি।

ঙাইখো লৈবাকমচাশা খংনহুন কান্নদে। হৌখিবদি হৌখ্রে তাইবঙপান লীলা লেংবদি থিদব ইয়া য়াদ্রিবনি। লাইসি অমুক্তংগ হারাওহনখিসি।

মহুম্ম ঐ ঙম্মরোই লাই তোংব কয়াম ব্রায় খঙব্রা ? ( লাইতোংখিব ) অমুক্তদি হরাওখিসি নুংঙাইত্রাও ?

গ্রীক্কী অলিম্পাস চাংথক্ত লাই ময়াম খুন্দিনৈ হায় মহুদ থিরুসিরা ? ঐখোয় অমুক্ত খন্নসি ( ময়াম ওমশিননৈ )

নুমিৎ তারে ( মথক্কী মী শেম্বুং য়ৈ )

( মথাগী মীশিং মীকপ মীরাওন নীল্লী তুখি চাইন চাইন, পুল্লপ পুল্লপ স্টেজ শীন-থুংন শিতনা তারি মমাঙদ তৌখিবগুম )

**নুংফাওনব যন্ত্র ঈশৈ শুর অমগ লোয়নন ফিজও হাইজিনখি।**

---

য়ারৌলিব : তিনবীরিব খ্বাই তরাগী মাঙদ তমজগদৌরিব ৱারীসি ৱারৌনি হিংন হিংন ফুমজিন্বীরব অহল অমখক্কি, থোৗদাক্কি তেংথাজবগী তুপী অতুনা অহল অতুগীদমক ! খঙদে করি থোক্লখিব মখোয় অনী নাহান মপোক্ত ৱাজবসিনা মশুং-লাংগী ; কঞ্জনিংবনি থৱায় মীরেল মাঙদ্রিঙৈ, ফুক্তোক্লনা নুংপাকসি মরা তাশিনখ্রব, কোরৌসিন মমদ্রিঙৈ !

( মখোঙদ য়োংহ্লিং থাংলব তুপিত্নন তেংথাই নুঙপাক অচৌবগী মনাক্ত মথুংন ফক্লব লাক্লরতুনা )

তুপী : সিদনি সিদনি নুঙপাক অসিগী মখাদনি মহাকপু ননশিন-বীরিব মীতুংশি খঙদ মখোয়ন মীতুংশি য়াঙদনা ! মখোয়ন হায় মহাক শিরবনি, নত্তে, মহাক শীব নত্তে, ঙহাক্তংগী ঙইন রা ডাঙব লেপখিবনি। মহাক্কী হকচাংদ মৈশা কাঙরি মৈশাত্তন হুজিকস্তু নুঙপাকসি ফোঙ ফোঙ শারী। মচান মেনশিনবীরব কনাগী চীন্দগী শেংফাত্তব খোঙ্জেলহু তারী। মান ঐবু নুঙপাকসি ফুক্লব হায়রি। ঐগী করি পাম্বৈনো কনানত্তনস্তু থঙইবিদ্রে তাবীদ্রে। লাঙ কনা-কনানো তথাম্লদ অনকপদ তারবদি তেংথাবসি অমুক্ত পাংবিয়ুব কৈংদৌবগে—নুঙপাকসি ! নুঙপাকসি ! (নুঙপাক-থক মনা থম তায়) ঐ খঙডি মহাক য়াম্ল ৱারে হায়ব নুঙপাকসিন মচৌকাঙব লেংব ঙনদ্রব অতুবু ঐ লেপ্লদি নত্তে খিদি লাঙরি হায়জরি তাবীনব লৈত্রবস্তু অহাংবদা ! করি

হায়ব ঐবু, রাজসনু লোইথ্রবদি নহাক্ত মফমত্ন্দ মংফমদি ঐগীস্ত্র মসিনা! নোকপ? ঐবু নোকপ! ঐস্ত্র হৈ নোকপ কপ্পতন ফিজেনরকপ নত্তে পোক্লকঙে অহুবু ঐন করম্ন নোক্কনি ফিভমসিদ মতমসিদ! য়াওখ্রে ঐগী নুংঙাইব হরাও তয়ামপুম্ব লেমহৌরিব হায়ববু অসিতনি অরাংপ অম লৈরি অরাংপ অম লৈরি, চুম্মী নওগী নরালনী মীনুংশি অত্থু নওগী নরালনী য়েক্লবনি ঐগীস্ত্র মহাক্ত মীওইব জাতিগী লেমজনকম ওইরব লমচংতুন নওগীস্ত্র ঐগীস্ত্র ময়া লীশিং পাম্ব তমথীব শক্তমনি। ওহ! মীনিন তারে অনকপদ ঙাইখো ঐ য়েংখিগে ওহ! (তুই) য়োংহ্লিংসিনক থাংলমদ্রবদি (হৌগংলি) মানা মীনীলনি! তাইবং মীওইব ইবুং ইকপ্রাশ। কনা কনানো অমুক্তদি পাংবিয়ু অমুক্তদি পাংবিয়ু নূঙপাকসি নূঙপাকসি, নত্তে চংলিব তান তান তাদ্রবরা নখোয়বু উন উন উদ্রবরা? ওহ!

মীয়াম : ইহে রাম্বখ্রে নুপীসি (লাইকন্নৈ)

রারীলিব : লৈরম্মী অহল অমথক মপূক মপাউ ফরব মীনুংশিতন থল্লব লাইবক্ত মতেক মতেক লোইশিনবিরব।

মীয়াম : নত্তে মত্থু লাইবক্কী কৈদৌঙৈদ ওইরোই মান তৌবন মান ফংজবনি নংজসনু মরান্নং।

রারীলিব : হোৎনরক্লি চহি চা কয়া কয়া মীরোল কয়া কয়া নূঙপাক অসিন মচী লেওঙমদ্রব মসিগী মথাদনি কুমজিনখিবত্থু হিংন হিংন।

মীয়াম ঃ পঙচাও চাওবদি নত্তে মসিবু করিগী ঙমজ্রিব তাবদ নোক্কনি চাওখৎলব মীন।

ম্নারীলীব ঃ মরা তাখ্রে মরা তাংখ্রে লৈবাকসিদ মসি য়াম্ন লুন অ'ং লুন।

মীয়াম ঃ সোমদস্থু চৎলে শোমদস্থু সোমদস্থু নূঙপাকসিগী মরাসি সোমদস্থু মরাগী মরা ঙাক্ত মসি ককসি।

ম্নারীলীব ঃ কাম্নদে মচা মচাদি মরু ফুক্কদবনি কুইরে তেংগারক্লিবসি হুপিসিনা। স্থুম লৈবসি য়েংহ্নুনা চুমদবনি ঐখোয়।

মীয়াম ঃ হোৎনহুনা য়েংসি লৈবাকমচাশা! হন্দ্রি থৌনা লীংজেল ঈপা ঈপুগী উৎতুনা হিংলক্লি ঙসিফাওবদ ইকায়খুম্নফম ওইরব মখোয়দ ইকায়খুম্নজন (মফি তাখং ফুরুব হোৎনরহুনা)

হো হায়য়ো ঔ হাঃ

থবী ফুকপী মাইরেল ফুকপী ঔ হা

ওঃ (ফুকপ ঙমদ তুং হন্ন লোংন তুনব)

ওস্থোক্ল লুন তাখ্রমালে মরাসি

মসি স্থুম লৈজরসহুদা—হোয় লৈহল্লসি

হুপী ঃ নত্তে নত্তে লৈবাক ইবুং ইকপ্রাশা! মরাশিং অসিনা চুপ্নি লৈবাকসিগী লৈহাও, শন্দোক্লব লাক্লরিবনি মায়কৈ খুদিং মসিগী চারা চোংখৎলকপ মরাদগী। হিংবদ তারবদি পাম্বীশিংহুগী মথাদ হোব ঙমদবগুম পাম্বি মচা মচানা অচৌব পাম্বি মথাদ পূমকোক কোকখ্রগনি নোংমদি শোয়ররোই।

মীয়াম : তাবিরুনু চোইরোলনী অঙাওবী'গী। উখিদ্রি অমুক্তা ঐখোয় নুঙ পাম্বী হায়বদো, তাখিদ্রি ইনাসিন হৌই হায়ব কৈদমু মহাক্ক ঐখোয়বু অৱেম্বদ হোংনহল্লে কাম্নদবদ তিংহল্লে ঐখোয়গী পাঙ্গল।

নুপী : নত্তে নত্তে লৈবাকমচাশা! তাবীয়ু হায়জগে রাকম অম থায়নগী, হোংনবগী মায়োক্ত লেপঙমগদব লৈতে কনা লীংজেল মান্নবগী লংলা তংহনবীগনু চোংশিনবিরক্লো লানফমসিদ মায়োক্লনব নুঙগী মরাশিংশিগ, য়েংশিল্লহুন মরাশিংসিন কয়াদ রানা খাঙলিগব নুঙপাকসিগী মথাদ! লাঙ কনা কনানো অরাম্নদ অনকপদ তারবদি অমুক্ত পাংনসিব কৈদোগে!

রারীলাব : লৈতে কনা তাবিনব মাগী রা. ওম্নক্ল কাওখ্রে মরুপ মপাং মপা মমা, ঈরমখোঙলম ভুং খোঙ পুন্নক মেনশীনখ্রে হাংনবসিন নুংশিনদবসিন অমগ অমগ ওইখ্রে মখোয়গী চান্দ পুব মন্ত্র! হৌখিবনি অম্মুন্ন তম্বীব মন্ত্রসি।
( চরা তংলব নুপা অম অহল অমা পুশিল্লকই ইমু মন্ত্র' ময়াম চং লাইকনমৈ )

অহল : চাদবন তংলব লৈতবন লোয়রব হৈকচাংগিদি পোলাংনুংদ হে থারায় মঙা মীগ থান তরুকনক নহনফমদ হল্লকখো নত্তেফমদ তেরখো কুঃ কুং কুঃ

ব্রারীলীব : মথুং অনী লোনন হায়ৈজ নোঞ্জ ব্রাহৈন লৈফ চংপনি লায়রব পাম্বৈ লৈত্রবা, লৈজগে শু-নোমহুন থবক-ইমখাও।

মীয়াম : লৈহনখি!

ব্রারীলীব : লৈহনখিবনি অহলতুন মীন্তংশি চাওরব হিংমিননবগী মিংদ মাঙ্গী ফিভম তাদ্রিফাও। মপুনা য়ানব চংপ হৈবনি অপঙব মানব হায়ব ইন্ন শিংবনি জিলা তরেংকি ঈশিং থক্লক্লব তানশিন্দুন লাক্লবনি জ্যাণ. মীওইব জাতিগী অচৌব! য়েংথোকসি অমুক্তং হংগংন মী অহল ইমুংসি :

## মী অহলগী ইমুং

অহল : নুপী! মখোয়শিংতু মীকপ থোক্লিবরা অঙ্গুক থোলবসি-ফাও?

নুপী : মথন্নতগা কৈজুপকাও মথন্নত চিংখংতুন শুপ্লিংদ্রবনি।

অহল : ঐখোয়দি ওরাংগী মীরোল হায়বতু ওইরক্লবনি। মল্লব পুন্সি পাদম মথাদ কয়া কুইন হিংখিগদগে? মখোয়না ওইহৌগদবসি করিনো। (তুমিন ডহাক লৈ)।

নুপী : কুম লায়না চরো:

অহল : চহি চুপ্প চৈনাখোল!

নুপী : লাক্লোগব লাকদব উরগেব উনিংব. ওাইরিনে ওাইরিব। (নুপানমুক নুপীনমুক ২/৩ লক)

অহল ঃ নঙন খোঙদোয় হুল্লকপ ঙাঙ্‌ানব মশেক্ক লোয়ননা চেক্লাগী লুংশিব শৈহেক্ত মালংগী নীংথিব তাম্বাদ লৈরাংগী শুঙ্কংপ শাথেক্ত।

অহল + লুপী ঃ লাক্লোগব লাক্কদব উরগেব উনিংলব, ঙাইরিনে ঙাইরিব ( ঙহাক ঙাইব মতৌ—ঙাইঙমদনা 'ওঃ' হায়ব খাঙঙমদনা )

লুপী (অহলদ) ঃ নঙননি

অহল ঃ নঙননি

লুপী ঃ নত্তে

অহল ঃ নত্তে, ( অনীমক ঙহাক য়েংনৈ )

পুন্ন ঃ মাননি মাননি।

অহল ঃ তাইবঙ মীওইবগী থম্মোয়দ অখন্ননা শেম্বীরক্লব 'মীনুংশি' মীনুংশি নঙননি।

নুপী ঃ নঙগীদমক পুন্নমক লোইশিনখিবদা তাবরা? পুন্ননক লোইশিনখ্রসনুরা?

অহল ঃ মত্থ য়ারোই। পাম্বৈ অমদি লৈব তাবনি। ঐখোয়না মাবু থীব তাবনি। ( 'পাম্বৈ' কৌহুনা থীব চৎখি '২' মক )

লৈশাবি ঃ হো তাদ লম্বীচৎপ হৈবোংসিনত হেকপিরম্মু।

মীতোপ (চন্নী তৎলব লুপাহু ) ঃ মুল্লগ তারকপ ঙাইয়ু'না নয়া লাওনা কাথোক।

লৈশাবি ঃ হো তাদ লম্বীচৎপ হৈবোংসিমত হেকপিরম্মু।

মীতোপ ঃ ওস্থোক্ল তনখ্রব হায়ত্নি নঙসিদি (কাখৎলি) সে সে থাদরক্কে সে

লৈশাবি ঃ থাদ থাদবিরবদি য়ান্নুং মপাদ তাদা।

মীতোপ ঃ মতা'ম ওইরেদনা নঙসিদি। নয়া লাওনা কাথোক্লো সে স্বা! (কুমথরকই) অত্নদি চৎলগে।

লৈশাবি ঃ হো তাদ খদাংসি খর নোম্বিরম্মু।

মীতোপ ঃ য়োৎপিয়ুদি হায়রক্কনুকো (খদাং নোম্বি)

লৈশাবি ঃ অয়ো অয়ো মুংশিহৈতব তাদ চন্দোলখেরি মমাগুম মীনম্বী মরা লৈতে হায়রগ মী মখুৎ লেনথৎপি খদাং নোম্বী হাওহল্লগ মী মরৈ চীকহল্লে থৌনাইদব তাদ, মী মুল্লগ তারক ঙাইজববু।

মীতোপ ঃ হায়খিবত্নদি হেকপিয়ু হেকপিয়ু, ওইরেদন ইবেম্ম নঙসিদি তৌওম্বীমক্তবু।

লৈশাবি ঃ অত্ন ওইরস্নু লৈ চীহম্বীয়ুদি হায়জখিদে, ঙম্মোয় ঙম্মোয় ঐদি ঙম্মোই হায়রিবসিনী।

মীতোপ ঃ ওইরেনকো নঙদি তৌওম্বীমক্তবু।

লৈশাবি ঃ ঙম্মোয় ঙম্মোয় ঐদি ঙম্মোয় হায়রিসিনি। (চারৌ মোরৌনব ফোঙদোক জগোয় শামিন্নৈ, মীয়াম্ন চীংদ শাংপি ইণ্ডেল্লে শকই)

মীয়াম ঃ চীংদ শাৎপি ইঙেল্লৈ
চীন্নদন কেনখিনী হো কেনখিনী
চেকশিল্লু দা !
হো লৈরাংন কেনগে কেল্লোইদ
মালংবন হুমবগী কেনবনে দে,
মালংব ঐস্থ কৈদোদে
লৈরাংন কেন্নিং কেম্বনে হো কেম্বনে দে।

রারীলীব ঃ অহান্বদ রাহৈ অতু লৈরম্মী, রাহৈ অতু মহাক ওইরম্মী অতুদগী তাইবংদ মখোল থোরক্লম্মী, ঈরায়-ঈনিল অতুন ওইখি 'তনব'

মীয়াম ঃ শুনিংদব, মশাগী থবক মশান তৌনিংদব খোদাবত হৈনব ?

রারীলীব ঃ থোদানিংঙাই ওইরব রাহৈতু মতুগী মচুং রাহৈতুদগী পোক্লকপ রাহৈমচান লীংজেল মান্নদব পোক্লকই।

মীয়াম ঃ পূম্নমক্কুগী হৌরকফম ওইরব মঙোন্দ খুদিংমক্কি মীয়ংয়া চিংশিল্লী ? অতুদগী থোক্লকই মত চানদব ? অমগা অমগা লৈথোক্লবদগী লীংজেল মান্নরক্তে ?

রারীলীব ঃ খুদোংচাবমক ফংনব লম্দেলনী, ইকায়বদ অতোন্বদ রাহৈতুগী মফম লৈরমদে মংত্রগা রাহৈতুদ মহাপুরুষ ওইরব মহাক্কী। ইন্দ্রি খুতুমচল্লব মহাকপু ইকায়বন চণ্ডমদ্রব পনংম্মী হায়জ নোঙ তৌতুনা ওক্তং লীংশিনখি অংদৈদি,

অহুদৈদি ইন্দ্রি খুত্তম চল্লব মহাক হৌদোং লম্বোইব ওইরম্মে !

অহল : লোইন মাঙব তারে করমনো ? পাঙ্গলসিন নোংম নোংমগী ময়েং তারক্লি, তুংদ মখোয়ন ওইহৌগদবসি করিনো ?

নুপী : ফন হায়ব ইল্লম্ব মরম ওক্লম্বনি। মীনৌসি হেক লাকখি-বদগীদি মখোয়গী থবকপূম্ব মান তৌখি অহুদৈদি তনবগী হৈনবাসি লৈখিব্রনি ।

অহল : উম ! থবক অম তৌরগে ? মীতোপসি তাম্বোকখ্রগে !

নুপী : হোয় মহাক লৈত্রগদি খরম্ভু ফরকপ য়াই ।

অহল : লোন্ন অহিংসিদ মমায়-মমিৎ, মখোং-মখুৎ খুমজিল পুনশিল-লগা ভুরেলদ থাদসিরা ?

নুপী : মতমক্তি চিব মশেলনি। মফম খঙদ থাদোক্লুবন ফরোইদ্রা ?

অহল : মফম ফদ্রা ?

নুপী : অং ওইরবদি মী হাংপগী পাপমক্তি পুদ্রেদন।
( লোন্ন ইমুংদ চং মীতোপ্প নুপা নুপিন মমায় মমিং খুমজিন 'চৎলু' ইন্দুন পুখি )

রাবলীব : অহিংহুদ থোকখি থৌদোক্তো অম্মুন্না লোন্ন-থুপ্প মোং হাদনা পাংখোকখি, নোং ভাল্লে, অয়ুক ওইরে, হৌগৎনরক্লে।

মচাহল : মীনৌহুব্রু উদেদা !

য়াইম : লৈনিংদদন চেনখ্রবজাংলা ?

মথং : মহাক লৈত্রবদি থবকশিংসিদি কনানা তৌবিনি ?

লৈশাবি : ঐদি মাঙজরেদনা ( কপ্পি )

মচাহল : থিব য়াবদি থিরে ।

য়াইম : উপ্প তাব উনা লোংহন লোংন তাব উনা উপহন উরক ব্রারক শুরে উদ্রে ।

মথং : পুখ্রি খোংবাল কনাগী ষন খোংগুল শরা শন্ন থিরে শনম মীনম ফংদ্রে ।

লৈশাবি : মহাক য়াওদ্রব পুন্সি
লৈহি চেদ্রব লৈরাংনি
লৈনম য়াওদ্রব শীঙেলনি
হিংওয়্লোইনে ইথন্নত তাংজবী উরী
উপাল ওইব উ নুংশিব।
( অহল, নুপী চংলকই মতৌশিংহু য়েংঙি )

অহল : করিগীনো নখোয়না কপ্প লাওনরিবু ?

নুপী : কৈদৌনরে নচীন-ননাও নখোয় ?

মচাহন : লৈরমদ্রে ঙসি য়াহৌরকপদ মীতোপ্পু !

নুপী : মীতোপকিদমক তাহল্লিব নপি পাম্মুদ্রা ?

য়াইম : থবকশিংসিদি কনানা তৌবিনি ?

অহল : নশা নশাগী থবক্তি নশা নশানা তৌগদবনি হান্নস্থ তৌরম্মীবস্থদি নখোয় ?

তুপী ঃ পূন্ন নোম্মীনন হুংঙাইনা ইংনচীরু পাল্লম্বনি মহাক লাকঙৈদগী নখোয়গী লমচৎশিং হোংখ্রিবনি ।

লৈশাবি ঃ মহাকপু কদায়দ থাদোকখ্রবগে ? হাৎতোক্লরব্রা নৎত্রগ

মচাশিং ঃ য়ারোই য়ারোই মীতোপ তাম্নোকপ য়ারোই ।

মচাহল ঃ ইচিল ইনাওশা। ঐখোয়ন হুজিকমক চৎতুনা মহাকপু লৌরুগদবনি নৎত্রবদি ঐখোয় পূন্নমক ইপাঙ্গল রাব তাবনি। ঐখোয়দি ঙসিগী চাওখৎলব মীশিংনি। করিগী লবুক্লা লৈখোম তৈরুনি, নীঙগ্রি তাখৎ ফক্লাং রাই তৈরুখিগদ্র হুজিকপু? লাইরিক হৈরব ঙসিগী চাওখৎলব মীওইনি অরেম্বদা মতম করিগী মাঙহল্লুদগে? মীওইবগী পুন্সিবু চহি কয়ানা? তেল্লবসিবু লোইন হুংঙাইহৌব নংগদ্রা? থাল্লবনি মীংকুপ অমফাও পম্বব চুমদ্রবনি! মতম হেল্লব অহলশিংসিগী মরা চৎতুনা হম্বনা ফরিব্রা নৎত্রগ মখোয়-শিংসিবু লোইশিল্লগ অনৌব লম্বীদ লাকপন তোংলিব্রা? মহাকপু লৌরুগদবনি অতুগ ঐখোয়না হুংঙাইনা লৈগদবনি।

মচাশিং ঃ য়াইফরে ।

হম্ববগ হেনগৎপগ—হেনগৎপন ফরে,
কাবগ কুম্বগ—কাবনা তোংজরে।
বসন্তগী পাটজেলম্ব ঐখোয়নি
শংবান্নব নোংদোলম্ব ঐখোয়নি
মালংগী তাম্বাম্ব ঐখোয়নি

লৈরাংগী হুংশিব লৈনমস্ত্ ঐখোয়নি
ঐখোয়নি ঐখোয়নি ঐখোয়নি ।

মতম হেল্লবশিংসিগী মরা তাদনব মচীন মেনশিল্লসি মতম-চুপ্পগী ওইনা।

( মথক্কি রাশিংসি শিবগী তাণ্ডব জগোইগুম পৃথীবি লোইশিননবগী পঙ্খেদ থক থক নাকহন্ব শাথেক্ক লোইনন। তাণ্ডব নৎত্রগা শকপ। অহল অনীডুনা ময়াইদ রান হাইনা হুম্ন খাভগনি। ফারগ পুহিগনি )

হুপী : নত্তে নত্তে হৌনদব থবক্কি ইচাশা! নখোয়গী শারব ঈডু ঙহাক্ত ফমথহনখো। তুংগি শাংলব লমবেলদ খোরব নখোয়গী মীৎয়েংত্ত অমুক্ত য়েংখো।

রারীলীব : পুখি অস্তম্ন কাহুন হুন্দোক্লন্ব মফমহ্দ মীতোপ্প। হল্লকই পুডুনা, ওইহল্লি মহাকপু ইমুংগী অস্তুপ্প!

মীয়াম : অস্তুপ্পন স্বপ্ন চলাইরম্মী মহাক্কি আইন কানুন
অহল-লম্মনন থমবিরম্ব মখোয়গী লবুক্ত নৈডুন
লোকখি মহাক্ক মমল য়াম্লব মনী-মুক্তা।
মহৌশাদগী চেঞ্জরক্লব ঈচেলনুংদগী খুনাংখি,
মীওইব জাতিগী তাঙলব লন-থুম
থমজরমবনি অহলশিংদুনা মচাশিংগী তুংগী থন
উরুদে য়েংলুদে মুংঙাইবন তাঙলব মিৎশিংডুম
খল্লুদে থীরুদে তল্লবশিংডুনা হিপ্তুন হৈবোংমখাদ।

( অস্মুপ্পবু লৈপরেংগ লোইননা ওকই। মীয়াম্ম (মচাশিং) অহল্ল, নুপী, পুরকই ঙাক্না ননশিনখি মুপা অহলহু নুঙপাক্লগী মখাদা নুপীহুন মখোঙ য়োঙিল থাংজিল্লগ মনাক্ত পুন্সিল্লন্মী। অস্মুপ্পবু করাজ তৌদ্রন ঙাক্কুন পুরকই, লৈ পরেং হুকই। নুঙপাক্লগী মনাক্ত লেপ ফিরাল চিংথংলি বেঙ্গুল খোঙজি, বম তপ কাপ্লি মীয়াম্ম মকোক নোল্লি! ভাবন পী অস্মুপ্পন, জাতি ঈশেগুস্ব ময়েক য়াওদন শক্কনি। মীয়াম্ম মকোক নোল্লগ করাজ তৌহুন অস্মুপ্প থোকখি )

ব্রারীলীব : মচাশিংগীত রাজ্যরব মখোয়গী তুংগীত খঞ্জরব চনশিনবীখি লৈরোল নুঙপাকসিগী মখাদ!

নুপী : থামায়রবশিংহুন পাঙথোকখি মঙ হাগুল্লব থবক্তু মতমহুমক্তদ মকমসিমক্তদ। লাও কনা কনানো, ইবুং ইকপ্রাশা থাখ্রবদি থরায়সিন নুঙপাকসিগী মখাদ ওনখ্রগনি ঈ পূস্ব ঈশিং। চুপথোকখ্রগনি লোইন নুঙপাকসিগী মরাশিংহুন, চাশিল্লক্রগনি লৈশোন. অমুক্ত ফুক্তোকপিয়্য অপূস্ব পাম্বোম পাঙ্গলগী থোনান।

ব্রারীলীব : ওইন লৈব পরৈ ওইন হল

য়েংন লৈব পরৈ য়েংন হল

হয়া হুম থামায়-নুংনাই লাইরা-তিনরা

মীনম-মীথা মীপান-নুংপান

তাংবতোক, তাংনশম মৈন ব্লায়
নীংন তেন নিং নিং লাও নীংতম্ন
নীংবখিবীক থুংন নোয়রসিদ য়েলহৌঙৈ
হায়া হুম—

মীয়াম : লান লান লান, লান লাক্লে, লান লাক্লে লান হৌরে।

ব্লারীলীব : মনাওনা ময়াম্বদা হৌব লাননি।

মীয়াম : লৈবাক কাংখোং চাইরে, মীশি মীনা মীকপ মীরাও তারে।

ব্লারীলীব : ময়াম্বন মনাওদা লান্দাবনি।

মীয়াম : শোক্লিব শিরিবন চমজরব মীয়াম খোঙলোই। ব্লারে ব্লারে লৈবাক পূম্ব ব্লানরে হা হা কাবু লাওনরে।

ব্লারীলীব : মচীন-মনাউ ব্লারক্লবদ থাওন ব্লারকপ নোংমৈন তম্নবদি লাননি লান!

মীয়াম : কায়রে লৈবাক মায়কৈ-সলাই খণ্ডারে ঈঙাং পাক্তক্লরে ঈম্ন পাম্ফেন্নরে, লমন খুম্নবগী থাক্ল নোকপ মরক্ত তিনখে লৈবাক, মীয়ামগী লাইবকতি।

ব্লারীলীব : মচীন-মনাও ইমুং-মন্নুং খৎনবদ লৈবাক্ল খুৎলাই ওইব।

মীয়াম : অপঙথোনাগুম চোংশিল্লুরে মপুন থৌজিম্ব হুইগুম! নাম্থোকপ ঙমগদবদি মরৈত্রবনি 'শিবগী লাওন কাথোক্লিব খায়াৎতগী।

ব্লারীলীব : ঙাকপ তাবনি কনব তাবনি ঐখোয়না।

মীয়াম ঃ চোংশিন চোংশিন য়াম্নৈদ হকথেংনব লাননিদ খোংফম লৈনদ তাঞ্জানিদা মীৎয়েং চোইদ মিংকুপ্নিদ চেন্থরকপ ঈখেঙগ তিন্নখ্রেদ হুমাংগ, থাংহাই থাংহাই মঙালন নোংথাং লীশিং লীশিংনী লোইশিনখিদা খুজোক্তো নোংমৈ শীঙজং অমন ! ( তুমিন্ন ঙহাক )

রারীলীব ঃ লান লেপখ্রে উচিন্ন নেমথখ্রে কপ্ন লাওনব মতমগী ঈচেলদ, নূঙপাকক্তুবুদি নীংশিংবীদ্রে কনানা। হেঞ্জিল্লকই লায়নাদি অস্নুম্মক শন্দোরকই পূকচৎপগুম অমৈ মথঙদ অম। অশুঙ্কন শুপচিল্লকই খুজিল্লকই লম্বীস্নু হিংবদ চি থুংলবসিংতুনা নীশাতুদ তাঙরি। মাঙশিল্লকপ শক্তমশিংহু মিংশেল মাঙদ থারুদে। নুপীহু তংদি তেংথারি নূঙপাক্তুগী মনাক্ত অহিং নুংথিল নুংদাং নাইদন !

নুপী ঃ লাকপিরো লৈবাক মীয়াম পূম্ব ঐখোয়গী থৌন লীংজেল লোকহৌসি মতম তাঞ্জাসিদ ( নূঙপাক্ত মনাকোও থম ) নত্তে, মহাক্কী নৈশা শোঞ্জিল্লক্লে অরৈব পূন্নমক থোমজিন-বিরক্লো লেপখ্রবদি মীহুলসিন অরেম্বনি হোৎনজমল ঐখোয়গী। কোরৌসিন মমদ্রিঙৈ শীন্থা শিনবাঙবীররোনে পোইরৈ ঈপাচা পূন্নমক !

( মনূঙদগী থাক্না নোক্লকপ তায়, মীতোপ্ন অকীব শক্তম লৌহুন থোরকই মঙালদুন মীং পাঙব ঙমদ থক্লৈ )

মীতোপ ( নুঙপাকথক্ত কাখং ) ঃ লৈপাকসি ঐম ঙাক্লিবনী ঐগী য়াখং ইন্দ্রবদি নখোয় পূম্ব থেত্তুম চাগনি চুপকনি ঈ থকনি খুজোক থম্ন। নুঙপাকসি কনা মতন মচী লেংহুম্ব য়ারোই মফমসিদ ননশিল্লীবসিগী সরুন লৈপাক ওম্বদ ফাওনি ঐনা ঙাইরিব অতুব্ কুইগদবদি নংত্রে। শিজিল্লব্রুবনি মচেং মচেং ( নোক্কনি ) মসিন পূমশি শীবদ নখোয়গী রাথল পূম্ব ঐঙোন্দ লাক্কনি। ফক্কংপ ঙমদনবা মসিগী মরা চেংশিলহল্লগনি। ( নুঙপাক্ত মখোঙন নেংশিম্ব খোঙ থীম্ব, থাক্ল নোক্লগ চঙখি। পূম্নমক কিবন নুংশা শ্বর হোম্বফাও তপ্ন হোন্নব মতৌ। মীতোপ থোকখ্রগ খর খর লাঙনরকই, নুপী অতু রাম্বরুবদৈ হৌগংলক কোয়েং য়েঙঙি নোংচুপ চীংয়া পাংলক্লিব কোরোহম্ব নীঙঙমদন য়েংঙি। )

নুপী ঃ নত্তে নত্তে কোরৌহনব নোংচুপ চীংয়া পাংখিন্নু করিগীনো নঙনা চংলিব নোংচুপ চীংদোল রাংমদ।

রারালীব ঃ তাবারে পূম্ব হিংচাবদ্রগী রা, য়েংদ্রুন লৈখিগদ্রে ঐখোয়বু অসুম্ন ? শাগংহৌদব য়াদবনি ঐখোয়গী মান্নব, চেংশিন্নব ফারেপ, কনখংনব পাঙ্গল হোৎনসি ঐখোয় লীংজল মান্নন নুঙপাকসিগী মখাদ ননশিনখ্রব ঐখোয়গী থৌন ফুক্তোকসি মান্নন মতম্ন লৈরাঙৈ।

মীয়ান ঃ য়েঙঙ্ কোরোহম্বসে নোংচুপ চীংয়া পাংলক্লে হো হায়য়ো ঐ হাঃ ( ২/৩ লক )

নুপী ঃ ঙাইখো কোরৌহঙ্ব
ঙহাক্তদি ঙাইবিখো
মিৎকুপমত্তং লেপ্পিখো নঙগী খোঙচৎ

মীয়াম ঃ হো হায়য়ো ঔ হাঃ ( ২/৩ লক )

নুপী ঃ ( মকোক ঙাওরকই )
চহি চা কয়াগী মঙলান
মঙফাওনব ঙমখিগদ্র ?
নহাকপু হিংলিব্রা হিংদ্রবরা ঐ খঙদ্রে
থাজদ্রে ঐ থাজদ্রে ।

( রা-না হাইন হুম্ন খাঙলকই, তপ্ন তুথখিব মতৌ, মীয়াম্ন নুঙপাক ফুক্কব লাক্করি । রারীলীবনা তারমদাই হুমিংপু খাম্নিংনা নীঙঙমদনা য়েংঙি, খোঙ্জেল মমী শামখি । লাইট মমথখি )

---

# মরি

ৱারোবিশু প্রভু ননাইন ভক্তি কচ্চরি সেবাসি ঙসিদি সুপ্লতগী ৱাহৈ মঙা তরাসিগ নমস্তেসিগন পেন্নীরো। লাম্ব চুম্ব খঙদব অর্থফাও শেংন খঙজদ্রব কুনশুব শতাব্দিগী ননাইগী চিন্দ পুব লাইশোল তাবীরম্মু।

চেঙদ নস্ত্র প্রভু চেঙ ৱান্নব শেলস্মু ফঙজরক্ত্রবনী। ঙরাংস্মু তনগং শায়খি, নাহান্ন শুপরফাইন, ঙসি অয়ুকস্মু নীংশিংবিরিনী। চাম্বীতুনা থবক শুরগ খুৎশুমন পীথোক্লিংদব মখোয়গী মচাশিংতু দঙি পীবীয়ু প্রভু। দঙি অতু হুজিকমক পীবিব ঙম্বীরোইদ্র প্রভু? হুজিকমক পীবীরবদি দঙি কীবনা খুৎশুমন পীথোরক্কনী অতু ওইরবদি প্রভু নঙ, ঐ, নুপী, ইচাশিং পুন্নমক চাবা হেল্লরোই ঙসি প্রভু; থোঙ লোঞ্জসম্মু শেলবু খুৎত পায়রবদি নোংয়াইদস্মু তুকান থোঙ হাঙহম্ব ঙম্নি প্রভু। হিংবদ চংব পোং-চৈগী মমন্ন শ্বর ফুল্লেনে, নুংশা হোনব নুংঙাইত্রে।

প্রভু নঙগী নোকমি নোকমিব মুর্ত্তি অতুনা চরি তৎলব ঐঙোন্দা কৈদৌনদগে? মহাও য়াওদ্রে। য়েংনীদ্রবদি খঙদ্রে য়েংবিরদি শোয়দনা উবিনী প্রভু ঐগী, ঐগী নুপী ইচাশিংগী মশকশিংসি। মতোং য়াওশিল্লক্রব কংলব হকচাং, মরেক মহাও থাংদ্রব কুচু! মতম অমদদি তানাপ তনাপ্প শানাম্ব পাখঙ ওইজরম্বনী।

মতম অত্থুদদি তাবোপ তাবোপ্পী রাশি লৈ শোন্নরম্বনী। ঐনা মাব্ শোয়দনা মুংঙায়হনি আশা থমখি। মানস্থু অশান্থুদ থাজখি অত্থুদগী চেংশিন্নখিব মরিনী। অমগ অমগ থাজনবগী আশাদ অপাম্ব তোংশিল্লবদি নুংশিব ওল্লি প্রভুগী মততি করিনো খণ্ডদে হায়দোকপিরক্কবন য়ারগদি জয়দেব কবিগুম ননাইস্থু ফাওহনবিব ফবনী। হোয় লাইরিকপুদি য়াম্না তনজহৌদ্রে ঙাওশিন্নরীঙৈ অহল-লম্মন্ন হায়ব ইনখিদে নীশা শীজিন্নব তমখি। শেল থোক্কনা শেল মাঙহল্লি। নীশানা হকচাং শোকহল্লি। হুজিক্কি তমজহৌব খরত্থুস্থু অয়াম্বা কাওরে। নুঙ থুগায়বগী পৌখংলব খুংশিনা কলম পায়ব পকচখিদ্র প্রভু নোক্কনিংঙায়নী। লাইবক ফব হায়গদ্র অহল-লমন্দুস্থু কুইনা য়েংপিরমদ্রে। নীশাগী মায়খুমদি প্রভু ইমা ইপানা হাংবিরম্মে, ঐনা ঙাওশিন্নবদ লোইশিনখ্রব লৌ-হিংখোল সম্পতি লণ-থুম হুজিক্কদ তকশি শোল্লকই। মিংকপ থোরকপদদি নঙ ঐগী য়ুম্ফমসিত ঙায়রম্মে প্রভু। মসিফাওব লৈকায় ময়াম্ন লান তৌরকপগী কলহৌবনী নংলমদ্রদি প্রভু নঙ ঐ কদায়দ লৈরমনি কনানা হায়ঙন্নী।

চাগদবগী শেংকদবগী জৌ জৌ, পেন্দবনা পোননথোক পুরুম হৈতুপ শারব ননাইন্থুবীগী চীন্দুম অত্থুঙৈ ফজরম্বী য়াতাস্থু পৌখংলে। প্রভু অমুক্ত হাইফেৎ মিংচীনফাও য়েংবিদ্রনে বালভুক ঙাইব অঙাং মরক্ত কাংশি থাংগৎচব খুং। প্রভু নহাক্ত খুমগন্দবসিনা নত্তে করি তৌজৌ হায়বনো মরমচৎ ফত্তব মহাজনশিংহু নীশাদ তাওহৌরিনে,

ঐগী চেং লৈতব মনাদ হাপ্তে, ঐগী অৱাব থওইদে খুংগুমদা হিংজরিব ঐখোয়গ লৈনব মরি মখোয়ন লুনা থম্বদে। থম্বনিংদে।

ফরে প্রভু নহারু প্রভু ওইবগী নতিক নগুণ লৈত্রব, ফত্তববু দণ্ডি পীব ওমদ্রব, করি তৌমনী কংলব শরু মপুন্ন নওবু নীওজরুবগী। ঐগীসিবু ওইজ তানব রাচৎ রানোম্ব ওইনা থম্বীবরনে। ঐ থওডি প্রভু রানোম্বদ করি চংডি মরুওইনা সরকারি সিল নম্ব মপাক মপুন মপুন, মহুনি ননাইনা কদায়দ হোই থেংনজদ্রিব অৱাবনা মুংঙায়ব পুন্সিনী কনানা হায়জিনবগে ?

ঙাওজরুবন থাবৈ চেগপ পায়বসু নীংথিনা তম্মোদ, অহল লমন্নসু তিনথাক্লম থনবী। নাহারোল অঙাওবশিংগী চাকচা হৈজানবদা থর নেকপীরব শাবচনা হিংব য়াখিদ্র, নহারোল মরক তিনবদি প্রভু হানৈ সঙ্গদ হক্তিনবনী। পামজদ্রহুনা হোংজব শীনফমনি অহু খুৎশুমন্দুদি পলহম্বীন্নুনা য়ামসু য়ামদে জুৱার খুৎথা অম কোন্নপোৎতে।

মীনা পঙঙাং ঙাওনৈ চাওতোন শর্ম্মগী লাইদি দবল্লুতি কৎলি নীংথমথা নোংঙাল্লমদাই কংসিসু ফৈজ্রুপ মনুঙদ থৌরী চীওডি, প্রভু ঐনা তৌজদব কয়াসু মখোয়না হায়জনবী। ইতৌসিনদি শভম ফত্তবন হায়রিনখৈ পক্লব ঐবু ইন্থোকপি মসিবু করি ধর্ম্মনো।

ঐগা লোয়নবদগী প্রভুদা কনামতন করিমতসু কংলদ্রে। কংলদ্রবসু তুমিন মোমোন মোমোন্দ তৌরিহুবু প্রভু কনাগীদ অহিং অহিং লেঙবগে ? বৃন্দা সখি কদায়দ করি লৈকায়দ পোক্লিবগে ?

শ্রীমতি রাধে কনাগী মমৌ ওইরিগে ! হুজিকপু বিরজা, কনাগীদ লৈগে ? কুচু কুমেন তনৌ তনৌ ব্রাখলহু কনাগী অশাদা মকা লাম্বগে ? ঐনা হেল্লগা ইচাশিংস্থু চরি তংলগ হুপীনা মপুক পাম্বরগা প্রভুনা কনাগীদ প্রসাদ ফংবগে ? সিবু মপু মনাই ওইবগী করম্ব লীপূলনো ? ঐনা ব্রারবস্থু প্রভুনা হুংঙায়রস্থু, খুমত্রবস্থু প্রভুনা ; সংসারগী অচং-চংত লেংলি পাল্লিব জিব খুদিং সৌরজগৎ পুম্বস্থু প্রভুন শেম্মী হায় অওইবরা ? অহু ওইরবদি ঐস্থু প্রভু নহাক্কী খুংশেম অমনী। নহাক্কী মোমোন্নব মায়থোংদ্বনা পীরিব ইঙ্গিত্তি ঐবু নুংশিরে হায়বনি অদুদি ব্রারৌবীরম্থু প্রভু লেংঙসি অব্রাং লৈকায় তাগ্ন হুংশা থিবীম্থু বৃতিসনা স্না কোন্নুং পায়রমদাই নীংথৌন থৈদোক থাংদোকপদুগুম্ব নত্তে স্থপ্নতগী শেল পায়ব মহাজন্দ বক্কোপ থমজগে ! মতম খর নুংঙায়বিরু য়োম্বমক্তি য়োঞ্জখিরোই। লেংথোক-পিরক্লো প্রভু লেংঙসি, লেংঙসি।

কনানা নঙগ ঐগ খঙনহল্লম্ব মরি অসি করম্না থোক্লখিব ঐদি কাওয়ে। হংগদবশিংহুস্থু লোইনা শিখ্রে। খুম্ব ঙমদবমখৈস্থু অশিবগ পাঙখক্লি লোইন শীরে। অহিংবদি লোন ঙাংফম থোকই লেঙফম থোকইনা ! প্রভুদি ঙাঙদে ! ইঙ্গিংস্থু তৌদে ! লেঙস্থু লেঙদে !

নখোয়দি করিমত চাদ্রবস্থু হিংঙম্ব ওইরবদি অহু পীয়ুন নংত্রগা !

---

# তীনখাক মচা অম্মা

মহাক্ন হেক খঙলকঙৈ
শিং নানব নাপী হৌদব
ঙমখৈ নাইদ শন্দোকখিব্র
অশোম হ্বাংমদ করি
উরু'নী খঙলু'নী
তম্ম'নী লীর'নী
খাম্ব য়াদ খোঙশাইল্লকই
অশোম হ্বাংমদ করি !
তীনখাক মচাক্নন খঙদে
ঙমখৈ নাইদ শন্দোকখিব্র
গাড়ী মী কুঙল' অচৌব
সরকারন শেম্ব সরকনী ।



ড্রামা থিয়েটর চাওখৎনব কালা য়োকখৎনব পান্দমদ ঔগ্রী থিয়েটর রিপরতরি ইং শক ১৯৮০ দা লিংখৎখি। লম্বী তিন্নবমথৈ পূম্ন খুৎশম্মনা চৎমিন্নব হায়বসি ঔগ্রীগী পামজবনী।

অহানব ওইন পুথোকচব "তৌনথাক মচা অম লাইরিকসি রনবীর মঙাঙন ইব অতেনব লীলা মচা অনী য়ারীমচা অম অমদি শৈরেং অমগ পূম্ন য়াওরি। অফ-ফত্ত পূম্ব মীয়ামগী খুত্ত শিন্নজরে।